# শিথাসেবা নুংশিৎ

( ১ )

নুংশিবী !
থম্মোয়গী পাম্নবী
নওঙম নুংশি কনা লৈরিম
থৌজালবা তাইবঙ লেনবগিদা ?
কৌবিরকনু !
থম্মোয়গী য়াবাম্না
চীঙ্গান লাংথন থোইহিন্না ?
নুংশি কাদা থম্না লৈ.
তংনাইজবা খোজাম মিংথেং,
তমহৎলবা মিংনোক,
ওইজবা কয়া থাদোকলদ.
য়োকপী শেন্থীবা.. তাকপি-কনবীবা
লানগন্নবা তাইবঙ থোক্কদবা !
কদায়. "খাঁদোকপী খজোয় ইতিহাস
মকম, মতম, খোঙদাক্তা নুমবা ?
—মনিংগী লমদম রুপিন্দুর
লাইগী লৈবাক লাইবাকথোক ?.
– মনাগী লৈবাক কাংলেপাক .

লাইগী নৈবাক লাইরেম্বাকয়া ?
কন্নানো লাইরবা
লেপকদবা পংতংলবস্ন
চিংকম থঙ্গ্রবা সনা মনি মরক্তা ?
ঈরোম্নুংদা তারিবমিশিং
চাউজনিংবা, কন্নকপা ?
কদায়দা লোৎকদগে
হুংশিমাঙদা মায়থিরনি মায়ামরীচিকা।
চংকদবা নত্তে, অমম্বা লম্বেলদা
স্বর্গ নরক অনীগী মরক্তা ?
মমলবা লমায় লেংদবা মথে
মাঙ্ত্রসনু লৈচীল হুংশাদা
মীনম্বা থরাম্নাশিং চৈথেংলসনু !
হুংশি থম্মোয়গী মিক্তৌ
অমদা পোকপী মথোমদা
কৌনকৈ থোইবী
খাদোইদি নত্তবা
সিবু মরাল-দা পলেম-পহৌগী ?
কৌনিংবতা কৌরিবু
খোননিংবতা খোনবিবু
থম্মোয় মাবা মীনমরবদি !



( ১ )

তুমলুরে কুমওন কম্মা
অমম্বা উমঙুদা
রিপঙুম, রিপঙুম (চন্টিকুন)
ইঙাও ঙাওরে।
—মাগী অরানবনি
অশেংবা ঐগীনি।
—নত্তে, অচুম্বদি সিদা !......!
খেঙলে, খেঙলে !
খেঙমললে ! ( শাওনিংনা )
অপঙ ফুদোক্লবা মতম নত্রে
মৈতান চাবী। তিল্লাইখোম্বী
কুরাক ওন্দুনা পাইত্রে !
করি ফংগে তাললিক্ক
মতমবু থিংগে থক্লিত্রা ?
নথন্তগী সংসার শেমলিত্রা ?
হোংনাইবা মহৌশানি
থুবা ভয়গী রাকমদনি।
য়েংবিয়ু, নাকয়েং, তুংমাক
হোংলি লোন কয়া, মরেক
মাংথাক্লবা লমদমশিংদা ?
থিরুম্নু চুমথাং মখোক !

কংবা ঙমলোই
ঈশিং মুংশিং, মুংশাগী
মরী নত্তনা !
শৌজিন্নব্রবা পোৎকী কান্নবা
করম্না থঙগনি ?
লান্নিবদি ময়েক নত্তে
হিংমিন্নবা থঙদবনি ।
ঙাইরিব্রা থিংহুনা থম্লিবা
নীংথায়রকুনা পুথখিনবা
নরল-নথুম, নশাগা
সমাজগী অহোঙ ঈচেন্দা ?
অছুবু ঐগীসি অমুক্তং ...... !
অস ! লোয়না উরে
অঙানবসিদা, মীমাঙসিদা
লোয়রেনে !

(৩)

ইপু লাইনি
ইবেন লাইনিদা !
ইপা লাইনি
ইমা লাইনিদা
সিবু নথা লৈগদ্রা ?

শায়েগে লাইদি অপোকপা
খুনগী লাইদি উমংলাই
লৈবাকী লাইদি লাইনিংথৌ
?    ?
?    ?
নিকথমনবে ...... ?
লৈবাকী ( অচৌবা ), মালেমগী ? (লাক্লরোইদ্রা ? )
ও ! সিরাইদা পীকশিল্লে
কজবা অসুর মরী
থংনবা ওমাং লানহল্লিংজ্রে ?
থংথে রাখল মচানা
অচৌবা অশেংবা ঈচেল অমা !
ধর্ম্ম মচা নওদি
চীংলোন মাপললনা কোয়শিনবনদ্রা
খশোয় য়োনা পহিংলকলিবা ?
ওয়বনি, ওয়বনি
অপীকপা ঈচাশিং তিলহনবিংদবা
অচৌবা ঈচেলদা !
নওস্থ খোং মচাশিংনা
তিয়রগা ওইখি বনি
মখোয়না পুক্ষত্রবদি
কবি ওইরমনি নওগী পুজি ?

মঙবদি লৌমিংবানি
কাক্তি কাকথৈদে মীরাঙলা
মতম পাজেল চঙল্লবা
ঈগী ইতিহাস মক্তনি ! ঈগী ইতিহাস !
হাঙলুক্ত অরীবা লুবাক
ফংজনি পাপ
পানজনি লাইখুংচামনিপাল ! ( অহলরা )
ঙমলোই. ঈবঙ্গু হিংজবা
হিংচাবশিংনা থল্লবা ঙক্তলিদা
তেল্লবা ঙমথৈদু নাহিরবা খোঙচৎলা !
শীকথরকয় থগোর
তুম্বা হিম্না ঙাশিন্নকলৌতি ?

( ৪ )

লাকলে ! লাকলে !
? ? ?
মীরাংগী মতম !
অনৌবা যুগ !
প্রজাগী জয় ; ( ঊহৈথদা )
খোঙ হাঙদোকপীরবা মীহাক্তা
মিকপ খোকচাংখিবশিংবু
মঙহই হাউই লাইহনবিরমলে

জয়! প্রজাগী জয়! জয়! (লোয়বা)
চংখ্রসম্ম লাইগী মচাশিং!
নিংথৌ, অঙম্বাশিং;
চাউজনিংমললি!
হল্লকত্রসমু!
ইনমসে. ইকু হুম্রে
লাম্লুপম্মু কা য়াশামু পা
ঈ তুমহুনা, কৈনুবা
তিয়বনি, ঐখোয়
পাঙদবা নত্তে
অচুম্বনি, অশেংবনি।
তিমহুনা লাকলবনি
তাইবঙ পূল্লি!
করম্না থাঙগনি
অচৌবা ঈচাউনা লাকলবদা
মঙোন্দা চংজবা নত্তনা
করি উপায় লৈগনি
লাকলবা ইচেল নঙদি!
মহৌশানম্মু য়াম্রে
নশানম্মু তমলরোই!
ও! লাইবক ফবনি
চাং-লেংবাক, নাম্বকী কেঙ্গুকী

মোংচুপনা নোংপোক থিরকপা
নঙগী মঙলনি
নঙগী লাইবকনি ।
অমাঙবগা অতোংবগা
শিন্নবনি !
মায়থিবা নত্তে পূক্কিগী
ভবনি হিংমিন্নবগী ।
অহুবু – পেন্নবা অমদি
মচৈদি তন্থীরমগ্লে
পানবদি নংশৈদবে ।
থেংনবা ভাবি অরাবা কম্না
চাংয়েংদি অনৌবা !

( ৫ )

কদায় মরুভূমি মৈশা
সাইক্লোনগী অন্নাবা চৈথেং
তুনগী নোংলৈ মুংশিং, অকনবা
অশাওবগী মৈচাক – লৈমানিংথৌ চাকতবা ?
অরোবা নংদনা মুংঙাইবা, নত্তে মুংঙাইবা
অরানবা থক্তদনা ক্ষবা, নত্তে লৌশিং ।
থাদি, তুপীনা "কংগ্রেস" ! অঙাংবা তুপীনা 'কম্যুনিষ্ট'!
লাউরি !
তুপী নত্তে পামজিবা; কিরাল নত্তে তাজিবা

য়াহৈ নত্তে কংনিংবা ?
কনা কনানো ?— তুম্মীরা ! অতোবা ? অতাংবা ! অশংবা ?
শেজাও পায়বা, লৌয়ামচাবা—অচেংবা লৌগনবা ?
ও ! য়াওদে য়াওহন্নিংবা, লায়রবগী মী।
- নপোই পোটয়ে নেত্তা, ফিজেৎ ছোংলে
থম্মোয় লৌগনবা, মতৌনা সাধু।
মীতিনা অমা; নেত্তানা ওয়বা।
য়াওলে ! য়াওলে !—য়াওলনি, নিংথাদা থত্তই। (লাইমমনিংই)
শম্নরে, ওয়রে ? ?
থওমবনা ইরলনি; উদবনা ঈরাচানি
ওমদবনা অশোয়বনি।
কনাম্ন থোকলক্কে !— লাক্কে !
অয়াবচা, পঙথরে, থোনা য়াওম্রে। ( হৌবদী )
—মীত্তৌ তম্বা অয়াম্নবা নত্তে।

( ৬ )

( কপ্পা ) সেবা তৌজগে, কংজগে। ( পি মরিকন্ন )
পুম্নীসে কখোকলবনি মীয়ামগী
ইশাগী ওইকবা খাদোক-ল-র-নি। ( হায়নিংঙেবা )
—মাল-জিদা, নেত্তম নেত্তা,
ফিজেৎনে, য়াত্তাও শা-তাওনে,
মথুং মশানে, মখিং মনানে

রাশক্লা শক্তলিবা।
ও! অথোংবা হুই, চৌকন্দবা?
হৈমা। অস! — সীথোল নীতি! (রাজনীতি?)
যণ লাইনি-য়োকপী থাকপিবা ... ...
—খোংনাং—চঙজকম, পোত্থাকম ... ...
—ফৌ চরোং-থাঙ্গোল থরায়নি লোমীপী. । (মানা মানা থোকপা)
নীতি রাংইলা, রাখল হোত্রোং!!
ভুবোনবা মীমাঙদা—
অজ্ঞানবদা সাধু; অযত্নদা ডাকু।
হে! শেলনি, শেল!—চায়রে।
—ফৌ মরু চৌকউ! নচা পায়মু!! ? ?
থাজদবনা লৌজদবনু নমত্রে, পুনাখে. ? ?
লোয়রে! শাগৈ নাত্তে, মরুপ মপাং
দ্রৌপতীদা মঙায়রে, বদ্ধান!
ফাওরগা লাইবক ময়ামপী (মরু ওইনা ঐপী?)
ফাওত্রগা ... ... ? ? ?
কলিমু থুংলরে
শনিমু কমণ্ডুলু লৈরে
শিয়দবমু য়াদ, থনকমমু লৈত।
হো! নোংদম্বা, থোকপা থোকপা!!

—:—

( ৭ )

অবতার ! অবতার !
যুগগী লাই—ঐখোয়নি ! ঐখোয়নি ! ( পোংজবা )
লাইগী অপাম্বা, নমু তাইবঙ শেমফদে ;
লেপ্পা য়ারোই— । ( নখোয় মীনি )
মিক্ত' হৈবা, যাম্ন খঙবা
তৌগেদা ঙম্বা লাইঙমনি । ( লাইঙম্বা )
—লোইনা তুখে—নোনখে
তরেং হৈলখেদনা ( পুম্নমক ) ফজনা !
—থক্কে, চাগে পীজৌ, পীথকউ
থাজিন্নু শুমহৎ নাক্ত—ত্তাওরিঙৈ, লৌহৌগে !
কুনীতিগী দশা অরাবনি
অনীরক শিবা—অশিবা থূবম ?
—ঙমদে করম্বা মায়ানো
নাম্বোকে থন্নি, থোয়রহৃম চেৎশিন্নক ?
হো ! লাই ! করম্বা লাইদানো ?
হিংচাবস্নু মান, লাইস্নু মান !
—তম্না লাই ? লাইমু ? লমখন ?
—লাইচুজনি, নকউম্নু, চান্না কাংহনগন্নু—
হে ! কোংলকলে, নিংত্তাইনরক্রে—করম্নো ? ( মখী )
—নত্তেকমদা তেরো, নহৎনকমদা হন্নিনবীরো
শেলয়োমদি চানবীম্নু ... ... । (লাইতারনবা থেমই)
ও ! থুংথেংনবা লোৎক্লে, ওইরনি ।

—:—

( ৮ )

মায়দা পাকপীয়ু; পায়দা পায়বীয়ু
অয়াংপদা তাকপীয়ু—মপৈ মপৈ !
—হে, লাংদা থুরবা কৈ !
লেঙব-ঙংপা য়ায়রোই, পুন্নবনি
নখোঙ, নথুং, নঙক ... ... ।
—উতুপ লাংনা কনবরা ?
শেনপী লাংনা হেনবরা
--শায়বা মাগী লিলানি
লিশিং চংশীনা পুরবা, নঙদি !
ননিং তৌজৌ, ঐ লৈরি
অপায়দা হায়য়ু, থয়ু । ( মহাজন্দা )
করি পাঙবী নখোয়না ( ফমগী )
ইরোশিংনা ফংজবনি
ইসজনা ওইজবনি । ( প্রজা উয়ক্তবা )
—থোইদা নুচিংবা, অহানিয়না মনি !
লৈহুনা কারকপনি; লৈহুনা তানপনি
লেনা-লৈমা শায়গনি ।
ও ! নচা ফঙ্গে য়াজবা
নত্তা ফত্তে থিবা তায়বা ?
শংগালন্নু তোংখে; থ্রৌয়ু পায়খে
লাইবকনি লাইবক ! ( অমত্তা ? )

( ৯ )

খল, লিশিংগী খল
খল, লাক্ষী খল ? [করম্বনা লৃমই ?]
—মিচং মীথায় নাইদে
ইচ মীচা থায়দে, অতুম্বা, লাও ।
চৎনবী – "পীবা-লৌবা-" হৌনশানি, ইকাইনিংঙাই লৈতে ।
ওনবা মানবদনি; মঙ্গুং হোংদবনি ।
—অতুম্বগী, অতুম্বগীনি তাইবঙসে ?
লৈবিয়ু, লৈবিয়ু ! কৈথেনসিদা, অক্ক-হুংঙাই । (শেলনা)
ফমদা ফৃম্বীয়ু; হিগ্না চক্লকনি
কিদে লৌবদা; পাম্মুদে পীবদা । (চাটৈ)
ও ! মৈরানবীশিং—হৌ, হো,—অচৌ-মচা
তাওরকলে, শেলতালনা মৈবদা ।
—থঙদবা চৎনবী, করি কংনি
থম্মোয় থুহ্নম গুজবা নত্তনা ।
লৌবিয়ু, লৌনিংবদা, পেকহোয়ো
তৌনিংবদা, তৌবিয়ু, নথুংদা লৈরে !
—মতমসি ওম্বোক্লা করি; প্রজা পঙথরি ।
তু ! তু ! —নতুংদা ? নতুংদা ?
তম্বু তমগত্রনে, অতম্বু এবু ?
মতম থঙবা, মতম শাম্নবা মীদবো ? (তুদি চুংই)
অতকপনি ! চোক চোক লাউসে । (কনা-চেৎলিদা !)

( ১০ )

জয়—জয় ... ! [লিংথৎলকই]
শয় শয় ... ! [চাউথোকলকই]
অমদগী অনী; অনীদগী অহুম ... !
ওরাং খাওপোক, ওসি দলান উলান।
ও ! পাম্বরেদনা অন্না থাওনৈ ! (আল্লাউদ্দিনগী)
থংনবা, মুমলোয়বা পুমঙাও ঙাও
অউবা মথৈ পুমথক থক।
নঙ্গণা—হেক্লোয় লম্বলৈমগী লৈবাক্ত লাক্লবরা ?
অচিং মুংখিল নাইদনা, অরং অরাক মরক্ত
জীপ-কার খোঙনেৎন, শাম্নরিবা লিলা কয়রা ... ?
নঙ্গে, অদা ! — ল, থুমলে, ল, থুমলে !
—অঙকপা ল,দানি—অকা-অকুম চঙবা,
শেলায় ! কবো ল,না কৈদৌনি ?
ঈপানথা নাইদে ; মঙম লৈতে
অকংবদা চঙইবা, থুথ,মইহেবা !
থুমনিংইরা, চঙহননিংই মখোয়দোনা ! (পাম্বরকপা)
—শিংই, মখোয়সে; থঙই, উই ফজনা—
অউবনা—শোল্লিঙৈ; অয়েংবনা কল্লকলিঙৈ।
রাহং—? রাহং—? রাহং—?
পাঙদবা...? চারসিরা ? হুরসিরা ?
লাকলসিরা ?
হে! ! শোলমলমিদা, শেলনা তাঙ্কবনু চেনগনি ! !

( ১১ )

মাঙদা, মকৈ মন্নাং—(মাখিনবা)
—মহি—মোক—মেগ
পোংনা কারবা মৈথূলক্ত
মপূ মনাই মারিরিবা ? (শিনমিন্নবা) [খৗ-চঙবা য়াদ-ক্লোক ।]
কলমগী মেলা—ফাইলদা
ভাবোক্লা থঙবা ভূমজোই, অহো অন্নাং ।
—কাঙ চাকচা, য়াথুল নাইদে
কলমনা হুবা, হুন্নানবা নপ্তে
পোংলাকপা হুন্নানবনি । (মচা অমদী)
কেথবী মনা নঙগীনি
তনৌবী ইমোম নচাকীনি
কুপলিবা য়াংলিবা পুন্নমকসে ।
—নোঙ্গরগা তোংই; য়ান্নরগা ওইজনৈ
নপচরগা ফংজৈ, মানচাং ।
ইকুশি—থকনিংবদা থকনি
তৌনিংবদা তৌগনি, ঈথুংদা শো লৈরিক্তে ।
তুশিংনা পাইবা, ওঙবা
করিগী তাক্লনি, অপঙগনু নওনা । (অশোনবশিং উশিংতে)
চাউ, নথঙ্ক চাউজবা য়াবরা
লৈবাক য়াওদনা ফংগব্রা ?
—ও ! লাল্লি, অহুবু নাহোৎকদগে কনান মীরা মীথি ?
কাম্নহৌবনা তোক্তেঃহৌদব্রা ?

( ১২ )

কাইল পুবা পীকপরা
অইবনা চাউদবরা ? শোইতোবনা হেন্দবরা ?
শেরবনা ভাদবরা ?
—চৎলু কোক, খোঙ য়াওদনা।
তো শোই, খুৎ য়াওদনা। করি উপায় ?
হিংমিন্নদবা য়াবরা ?
চাউবগীসু চাউনা, পীকপগীসু পীক।
—লায়দে, কুই, মতম মাঙই ? ? (কাইলচৎহনবা)
উন্নরব্রা ? ? ? —নত্রবদি চৎলরোই।
অঙকপনি !—শেলখোক কাইল; কেন্দবা কাইল=
মতৌক মগুণ খঙনা শেরৈ।
করিগী চাবা তলবনো ? ঙমইদা !
হো ! সনান ঈজি শীংপিগে
নথক্ত পেবু খনবীগে
মুংঙাই য়াইবী কাহনগে। লাও, হুং ইন্নকউ।
হে ! নচা চাওরা ?
নও চাওরা ? (নমহাৎন্নরিবা !)
হিংমিন্নসিদা, নথক মুংঙাইবা য়ানিদা।
পূক্নী শঙনা চৎমিন্নসি।

—:—

( ১০ )

খঙনজিংদৈ হূরানবা, অশিংবা হূরানবনি ?
অপঙবনা হূরানবা, চেক্নে। (হঙোই)
চুমচং: মী ওইরোই যুগসিদা!
অহুবু ঐখোয়গুম মুংঙাইবা লৈরিগদ্রা !
হুমাং মমলদা মুংঙাইজবা,
মপাম্ফোংদা রাজবা মাল্লবস্থ !
— ও! নচা-নও কাওবা হৌগৎলরোই; (নঙদি)
উরেদনা—চাউরবা মখোনগী যুমকৈ ... ...
পাক চাউরবা লৌ-শিং ... ... ! (হুরগা লেপহৌরবা)
মীরোনকয়া চৎলগদবা, লৈহৌরগদবা। (শেম্বীরম্লবনি)
ওসিস্থ হাই-হুয়া পাম্লিবসিনি। (নঙনা ফংদবা)
হূদনা মুংঙাইবা ওম্বরা ?
শেলনা ওমদবা লৈরিবরা ? মা; য়াওদনা য়ারিবরা ?
— শেল পাম্বরা ? কোম্মুংগুম পাম্লিংব্রা ? (ওদনা)—
মরেং, মরেং চৎলবানেকো ! (কৈনোমা থল্লকলে ?)
হুজিল্লকপদা লামনিংলে, মনিংলে। ( কাম্হোংচৈ)
থৎনিংলকলে, য়েনখা ফাওবদা ... ...
ওম্বা য়াম্রে, য়াম্না থক্লে ... ... । (মকম, ওপা খিবদা)
পাপনিকো! কোম্মুং ভূমদবনিকো। (অহলবা)
—কাম্নদে, চুমচং রাদবা লৈতে।

করে, করে—হ্রাম্নরসে, হ্রাম্নরসে ?
অঙম, অঙম লাক্লসে, কোইনসে ?
... কুশীম্—অঙাংস্ ... ... ?
অঙ্গদি—কত্তে। কদায়দগী ?

( ১৪ )

কনা ভামনি, ঈহুং ঈরেং ... ! (ঊগদবা)
? ? ? ? ইতুংদা ?
—কায়দে, পেন্দবনা লোইরে
ইমং লাখা কংজিনলকদৌরবসিদা। (অমদি ভৌরগে)
হকচাং পোলাং তুরকনিদনা ?
পুকচাউবা অকিসায় মঙোন্দরা।
মিনম চিকাদায় অঙ্গদরা, নক্রগা
কিগনবা লম্বী চৎপা মঙোন্দরা—চেন্নগে, খঙনি। (ননগে ?)
—অমনা অমদগী ভাদে,
চপ মায়ৈ—অশেংবা য়াওদে (খর কাওবা)
মশাগীদা য়েংবমক্তনি।
য়েংউ, কুম খুদিং থারৈ, হিংদনবা
ভাংকী কোরমুংদা, মচা—মচা ... ।
লোগনবা থুং, ভাইঙমদে নীনি তঙে
লাকনৈ, মুয়ৈ ? ? (অঙকপনি ?)
—মপোংস্ খঙদে, ময়লস্ ঊয়ে।

মমাঙস্থ উদে; মতুংস্থ য়েংদে।
কজে—অইবা হৈদা, চেগুবা
ওইদবা পরেং শাবদা য়ারেদা ?
—করিনো ? করিনো ?
মাঙলে ! মাঙলে !—মরুভূমি ! মরুভূমি !
কদায়, পোখাকম, চঙজকম ?
হু ! হু ! হু ! — কাক, কাক...কান্না—রা ?
—ইয়ে ! ইয়ে ই...য়ে !
কনপ্রেদা ছুংশিংসিস্থ—লোয়দেনা...ই...হে !
হো ! লানজদবী দশা, মাঙলেদনা ? (মল্লা)
—নিংবস্থ থুংখিদরে; লম্মনস্থ শেয়াম্নরে ?

( ১৫ )

শঙাইনা হানৌ চায়দরে,
লাংমৈদোন পাইরকখিদরে
কাক্কী লানবাওস্থ তাখিদরে
চরোইট তেক্তু খোঙলদয়ে ? (মুরুম মুরুম শোন্না)
শঙাই হায়দি উচেক্লা ?
তেক্তু. গাড়ীরা (রুন্না) ?
পি, পি—মরিক—মরিক। (পুপুপী মিংলুদা)
—অলোম য়াংখদা, চৌংলোন য়াংখদা
ছুংশি-মরি, কজে—নক্লপ্রোদা !

লমদমসিদা হিংচা-মরি
মুংশি কৈত্তবা, চাগদবগী থল্লবা ?
—নোংমা শিন্থরকনি, ওসিদি থগুলরোই—
ঐগী থম্মোয় পিরাং অর্থ, অরাবা।
য়েংহৌ—মুম্মা, মতম অঙ্গুদা তেংথারক্লবা।
থম্মোয় পান্দে! থম্মোয় পান্দে!
মহৌশাগী ধর্ম হোংবা নাইকত্রবা—অথোয়বা
কৈগী মপান নাপীনা তাং
নাপীগী মপান কৈনা তাং।
ও! ইশাবু হাৎচগদৌরে
ভমা ভমা পায়শিল্লকত্রে
মহৈ মাবু তুংওইনা ?
পি! পি! অহলগী পিরাং! (অউবগী)
—হে, ভিংচাবশিংসে! কৎমনদে—হাৎলুনে!=
ইপু, কনাস্থ লাক্কেয়ে!
চৈত্তসি সে? ?
—কাল্লদে, মমিৎদা থুদোনবী থিল্লবস্থ কাল্লরোই।
ইপু, ঝারী লিগে! (শিল্লরন্দা)

—:—

( ১৬ )

তু! তু! লৈমৈ! লৈমৈ!—
—মৈ - ও! ও! মৈ! অহুরা? (খঙদনা ওকপা
—কয়াদা—কজগ্রবা—সনা—অহিংবা—! (মাল্লদনা)
কাও, কাও—ওকউ! লৈবাক্ত ভাইহেদে!
চারসি! —আট! ভাহ্মনম্রে! —? ? (ভাজোই চাবা)
—লৌরেদনা চীং, অঙাংবা মৈ মোংকম;
ও! মাঙলে. হিংনবা মরি হাংলেমনা।
—অমগু মাম্নদে, থম্মোম্নশিং
তোঙাল তোঙাল্লি, লৈমৈ-থম্মোয়!
?—হাংলে! হাংলে!—তুমলে!
কনবীয়ু! কনবীয়ু! ......?
—মাঙদমু লাং, তুংদমু-ভেন। (হিংচাবা?)
হাওরনিদা সৈভ্য—কনা কৈ।
—কদায়, উমং আইনশিং, মুংশিবশিং?
চেদা—ইরি কজবা রাইহেশিং।
হিংনিংজে! হিংনিংজে! হিংকম থঙজে
শক লৈবাক সিদা, চমলৈপুরসিদা!
—কল্লিমু থনদে. উজে,.চমইদা! (শাওনিংই)
তু. ইকোক কোম্নবা মরুভূমিদা
অকঙবা পোম্নাং মপৈ. মপৈ ...? ? (উম্না?)

( ১৭ )

য়ুহায় ! — হায়ে ?
খা য়াং. নোংপোক নোংচুপ — ? ?
মানা করিদা হেনগনি
ঐনা করিদা য়াংকনি ?
শাগৎলুদা, খদা — খেকউদা লাঙলেনহন, খেক, খেক।
ঈশৈশু শকপীগে, পেনাসু খোঙবীগে।
ডাওয়ে, ডাওয়ে — লৈকাইশু, খুজংশু ?
— লাইরেন, মনাইশা ! — হো ! হো !
লৈরসে, .. ... মতম ওইরে ? ?
কদোমদনো ? — তেরা মকোন।
মায়কৈশু খঙদ, পম্‌ংশু উপ
মাদাং-চুংশিংগী শাখেক্তা, শাইরিবা ?
ইপা লোনি, ইপুলোনি ! লাকদে ! (অঙাওবা ?)
হো য়াঙ্গো, হো য়াঙ্গো ! — য়ানগনু।
হো য়ানসে, হো য়ানসে ! — য়ানগনু !
ও ! লৈচাউনবা — পুজিচুংশাংনবা — অকবরোমদা !
— লাউরিবনি — (খুনমাঙবা) লাইলাউ
— পুন্সীর চুংডাইরকউ, হিংনবশু য়ানমউ — !
লীকলমশু শেংহনজে, অপুম্বা !
শায়মশু লুহনজে — মকোক মকশু বাইজে ?

ইকাই, ইকাইজে ?
চংলমজে, মচি লেঙলমজে
মিংয়েংগী লেপলমজে
অগাঙবদা পোংজরমলে ?

( ১৮ )

থুং থমকম লৈতরে (কেথদা)
খোঙ পাংবা ঙমদরে ।
—কদায়দগী নোংপোক নোংচুপ লেংচিল্লে ।
তম্বা ঙমদে পূন্সী,
শিনি থঙনা পাম্লিবনি ।
অপাম্বদা শেংকনি; ইনিংবদা ইনগনি ।
পূন্সীসে,—কলানি কলা, (আর্ট)
আর্ট পুম্বা ঈশাদা চাপ্লগে ?
—য়েকই, তৈ, থাই
কাই নপুই—কোংলি, চোল্লি ...... ।
হো, খোইমু মকোক ঙাওহনগে
লৈওং লৈচু লৈনমদা ?
ভাইবঙ থকথা নোমগে ?
চৌনশানি—মহৌশানা য়ারি, শীরুকপনি ।
অনৌবতনি, উবা য়াদে ... !
হোংল্লবদি—অশিবা পোৎশকনি
মহাও লৈত্রবা, অচম্বা ।

কন্নকইদা। অহুভৈগী—লৌশা-শাই।
হৌজিকপু— ? হৌজিকপো ?
—নজাতিগী ফিজেং-চাকচা ?
ও! ইশাসে জাতিতগী নত্তেয়ে; ইশাগীমুনে।
লৈবাক মাগুদা—যোইরাংফি পুমতৌফনেক ... ?
প্রাইভেদ লাইফসু নীংতমহল্লরোই ?
ঐখোয়ভবু ময়েংবিবা, নশাদি উদবা ?
পংকুপ কুপশিনবীরকয়.
অঙাওবা—ভাজনি, লৌবা থনবদি হৈত্রগা।
—অশেংবা অক্করবা—লৈতবনি
মকম মতম য়াওন মখা পোনবনি।
লমচৎ ?—
ফিজেং নত্তে; মীননি
লৈকুৎ,—লৈরাইদা লৈরিঙৈ কাইদে ?
চেকশিনগা মমল য়াংবনি, অৱাবম্ভু হেনবনি।
অরোংপা হেন্ন হেন্না য়েংনিংবা
চেকশিনবা হেন্ন হেন্না উনিংবা ?
য়াংলি, পান্না—?
অঙাং ওইখিনি কুইনা !

—:—

( ১৯ )

মপন্সু চাউজবা, মীগী উত্রবা
অশোয়বদা পুথোক্লব'; অকায়বদা শিনগল্লবা।
মচাক—য়েক্লবনি য়েক্লবা, লৈবাক্নী।
—ইপু লাইনি—ইবেন লাইনি—থাগৎফদে
লৈবাক মনিল নাইজনি, অপঙ-মহৈ ফংজনি।
ও! পাজোম্বা, শিকমললিদা থম্মোয়,
শিকময়বন্সু হোৎনরিবা,
নিংথৌ শক্তিন্সু ফংলরোই
নম্বা লাকপন্সু য়াররোই। (অপঙ-অশিং উত্ররে)
—মনাঙতৈ নত্রে—ঈচেল হোংলে;
ঈচান্সু পূত্রে চাউরবনি। (উদে ?)
(কয়বা. চাউনবা), তুংলম লম্বী শেমরিবনি ?
কদায়, নঙদি নতুংন্সু ইলহনিংজ্রে
নশাগীন্সু খোপচিননিংত্রে—কনানা চঙলকনি ?
-নয়ুমন্সু লোয়রে; ইংখোলন্সু তুমলে।
তু! চৌং-য়া, তময়া—ছর্মক ?
করি উপায় ? করি উপায় ?
(নকোন্দা) নথোংদা পোংজন্সু।
অপীকপনা পীকনা শিবনি, অচৌবনা চাউনা।
কাইনখৎদা, করিন্সু ফংদনা, চৎচখিনি তরক, তরক ?

[ ধর্ম্ম মচা শায়বা ] ?
—অচৌবনা মচাবু চায়, য়োংলি—( অহিংবগী জগংদা ? )
অরীবা ইতিহাস, অরীবা নত্তে
অনৌবা ইতিহাস, অনৌবা নত্তে—
অমত্তনি, থৌদোক থেম্নবত্তনি ।

( ২০ )

খোংদা য়াল্লবলে
পৃথ্বীদা তাউরমলে ! তাউরমলে ! (মূর্ত্তি)
—লম্মন থুমলিবা, অহুলীডৈ—লম্মন ?
কোক মচা ! থম্মোয়মচা !
পাঙলবা—থুংলি; লোয়রবা থোক্তখাংনি ।
নত্তে, জয় তৌনবা, য়েংথিনবা-শিনবনি
কলিজ লান, মায়থিরবনি ।
অচৌবনা মচাবু চায়রুবদি
অকনবনা অশোনববু নৈরকলবদি
অপীকপা থৌনা নোক্নবা নত্তনা ...... ?
—অত্তোনবশিং লানবীরিবা
কাউথোকপীরবশিংদা পীরিবা মঙাল, লম্বী
জয়নি ধর্ম্মগী—অশেংবা জয় ।
য়েংউ, চর্চশিংগী থোরকপা—হুংশিয়বা লাইশোল ইশৈনা

ঙাইনা ঙাইনা য়েরবা কাংশি খোজেল লক্ত
ওয়হৎখ্রেনে, খোরাংলবশি ! ( চংজকম থীরিবা )
খিংনরিষ্টে, খুররিষ্টে ( পঙংকান্না )
লম্বেলম্ভু শেমহৌদরে; চৎফৎসু য়েংহৌদরে।
ও ! কাংশি, পূং—শেল মখোল থোক্তরে ( শেংনা )
—লম্বেলসু খণ্ডদরে।
মতমগী খোংমুংদা, কুমজা কয়াগী ত্তুংদা
শাক্তিসু লৈররোই, ইশান্ন তাক্চনবা।
—অঙাওবা, অশাওবগী য়াহৈ নত্তুনা—
--শোল্লবা—, মুৎপ্পবরা, কল্লবা শক্তি মমাঙদা—?

( ২১ )

মমলে! মমলে!
কুমজসি মতম কত্তেকো ......
সে, ওয়োক ...... খর থুরকই ...... ।
? ? — লৈরক অচৌবা মথি কোংই
—কোংখোংজল্কী হেক্ত—মাবু মাখনে!
থিবু থিবনে! হুধু হুয়নে।
—ও! পূংয়েবসু মাপ্রবালে—
অমত্ত নৱে—অনী ভাই...... ?
মতম অমদা—শাকৈ
ঙসিনা—কুত—(অমাবী) কিজরবা?

হন্দকপিদি—ভিনমু লাইমু কলদি—
ফিরাল অঙাংবা, কংলু।
কোম্বোং খুদিং অঙাংবা! অঙাংবা? (নিনি তদে)
—লাইশীদবু, মকম লৈতবদোনা ......
পাখঙ-লৈশা অনৌনক লৈবাক মাঙদা ......
ডাক্তরদা লৌথোকত্রে, ...... ?
—হুমিং মশক উদে, চাকৌবা হুমিং
হন্দবা—য়াদে, পিবা পূক্নীরোই ... ?
—নিপা মথৈ মকোক য়াওত্রে
মৈ কংলু কোম্বোং কোম্বোংদা ...।
ও! তম্ময়ে লমদমসি অঙানরদা
শায়রেদনা ফজনা (মায়া)!

## (২২)

য়াওশং ও! য়াওশং ও!
ভো, ভো, রিভো, ভো, ভো! থোং, নাকুম থোং, থোং।
ওইগা য়েংকা থুংশয়না, কম কয়দা চোংশি।
হুংঙাইমথীয়ু;—বসন্ত য়েন্নিং হন্নিতৈ—
খম্মোয়গা খম্মোয়গা উয়না, হো চোংশিদা!
—হুংঙাইথোকতবা য়াদে, মরক মরক্তা ......
শাংদোক্লবা—পূক্নীয়োল শায়ব্রিবনি।

আই ! ওইরে—করিনো ? করিনো ?

— থুং ককলে, তোম্বা ...

— ব্রেতনা পেল্লমলে, চাউবীসনা...

— শাম্বরমলে শীংজংনা, কোকাই...

—লেংলমলে, লোতনা, খেম্বা ..

—তোকপীরো, তোকপীরো। (পুত্রেদা)

—পাওদবা ভাক্ত, অপীকপা মুপামক্তা

মমাওঙৈজম নরিল য়েংনৌ, কন্দনৌ।

থরুম ! থরুম ! —থাহে অমগী, মিথয়েং অমগী

ভুকচরবা—খোনা লিংজেল। (ওসি)

পুসীরোলমু—মাও; খোনামু মাও—

নক্ক কোকচ, অঙাওবমু তা—করেদনা ?

নৈকায়, নৈকায় চঙন্দবা

খুঙং থুঙং হেক্সিল্লদবা

মুমলোম্লবা শম্বল থানবা—নখোয়ননি।

অসিরা নওগী চাউখংপা ইতিহাস

অসিদরা থম্বীরমগদবা নরোইনাওশিং ?

—এখোয়গী অপাম্বচু অসিরা

কংনবা ভাম্বলিবা অহুম্বরা ?

ও! লোয়রে! মপ মচা কুনব !

মচিন মনাও মাম্বনবা!

মচু তারে সমাজ

মনম জেলনে, থুনাই।
—মাঙবু ইকাইবনে, তুংবু ইকাইবনে
করম্না থুমশিগে ?

( ২৩ )

অরাবনি ! নিংথাম্নরকপা, মম্বরকপগী দৃশ্য
মচেৎ, মচেৎ শেপায়বিরবা, থুগায়বীরবা কোম্নং !
মম্বিং পান্দবশিং, কোক য়াওদবশিং — থনগ্রে
লৌগনলবা থুংশিং মক্ত — করি উপায় ?
কনানো লমদমসিদা চোংথোকপিরকদবা
—নঙবু মুংশিবীবা, উবিবা ?
মপু পাজ্রবা লৈকোনগী ফিতম
মাগি লৈজ্রবা হৈকোনগী শকতম
য়েংঙমদে, থদৎপীবা, নৈথায়হুনা মাঙহনবা।
কদায়, চহি ভরেৎ থুম্নাকপগী মুখী
য়াসমন্দনা কংগ্রবদা; চন্দ্রনদীনা তংগ্রবদা ?
—থরো, থম্বাল পাইগ্রে; হৈনম-লৈনম মাঙগ্রে
শক্তিনা চৎখ্‌বদা, থঙদনক্ত হুক্রেকলম্নবদা।
নত্তে, ঙসিঙগী থম্মোয়গী অবাব।
তুংগী খোঙ্‌লম্ন মুৎলবনি ! (অয়েকপদ ভাইয়ে)
কদায়, লমদমাসগী পেয়ামিট
অজন্তকেল; — তাজমহল...?

—ভম্বীছ্না খণ্ডগত্রা, তেনব্বা মোইনা
ভাইবণ্ডগী থম্মোয়—চাউজলব্বী ?
হে, শকহেনবা ! নরাইবক থিদা !
অকায়বা মচেৎ অম-অনীসে য়েংলমলপা
হল্লো নিংবা কায়না, থম্মোয় পোৎলুমগা ।
—মশাগী খনগল্লবা অয়েংবশিং
লৌগল্লবা থুৎপুশিং—মপা মপু উজ্রবা
মপু প্যান্দ্রবা লমদম ! ...
ও ! মচেৎশিংদা লৈহৌরে (নপু্না)
অরৌবা, অউবা, অয়েংবা, অশিনবা-গী গুণশিং ।
(নিংথায়বা সনথোং,)

(২৪)

থোং নমথরে, পৈরে
লম্বী চেম্হখ্রে, সার !—? ? ?
অঙকপা তুরেলনি, শীকই হায়দনি, কনখে—অস্নুক কনবসি !
কনানা ভমগবনো, বিশ্বকর্ম্ম ওইরবস্ল ?
—ও ! ইজ্জৎ য়্রাওখ্রে, গুণস্নু চেম্হখ্রে
মায়দমক ভাইহৌরে ।
থোংদা পকলে, য়াক্লে
লম্বীদা তারে, চেললে কোনতোঞ্জা পূম্নমক ! (মন্ত্রী, ইঞ্জিনিয়ার,
ঠিকাদার)

পুককবা—অচম্বা, ইচা মাঙজরে।
ইমাগী ইবুংঙো, ইমাগী ইবুংঙো!
অশিংবনা চাদনকো, অপঙ-মরলশিং? (করম্বা অশিংবা?)
ছো, শেম্ন-শেম্ন ষৎচিন্নক্কে
থোম্ন থোম্ন হোংদে—
থরায় পাম্ববা, লম্বী নঙদমক ম্নাক্তনি?
দাম-কায়রে! —চাল! গোলমন চাক!
দাও লাকলেদনা—দবল ভোংবা!
নোংজু থাদা-লম্বী শেম্বা-থবক ভৌবা মাম্নি
ডুবু মথৈ কান্নরে; ঐথোয়তনি মাঙজবা?
থুংদকউ, থোং ছম্ন-ছম্না
থুগায়উ, লৈরাই—ঈচেল কনবীমূ, অতম্নী (তুংেলদা)
—কৈদৌউঙে, লাকনি ইকায়থঙবা?

( ২৫ )

ইমা! ঈশিং লাকলে!
অচ্চা! টোটি ঈশিংদবু? (তিম্বোক)
—ম্নি, ম্নি—তীনকা মচা!
চুম্নবা পুরকউ। (হৈরে, হৈম্নরে)
ঈশিং, ঈশিং মক্ত—থুজং, লৈকায়...। (রেডিওদা)
থুম্নক লৈরক্ত পাইপ—রিজর্ভর। (মাঙ্গে)
—হৈমা, ঈশিং পাড়ীমু চেম্ন-থেম্ন? (তোতি...?)

অমশীদমক অনী মাঙহল্লবা ।

—মখোয়শীদি শেলনি; নঙতনি মাঙজবা।

মথুল ! মথুল !... ! (হুংলকই)

—নখোয়না ফজবননি ।

মাস্তু, নখোয় ফংমনদে ।

কোঞ্জিল য়াওরমত্রে ! ইন্দ্ৰুরমলে ! পানমচা ?

—কৈ—শেল থোকক্কম !

হয়া হয়া শেমগনি, লেপক্কগা লোইরে ।

ইত্তে ! তা শিরে ! শিরে ?

মনম কনমনখে, হৈথরকলেদনা ?

—কৈ—তাদি অচাপোৎনি

অচাপোৎনা শিবরু, শিজসরু

ঐখোয় শোকক্কগা লোয়রে ।—কজেদা পুকসিদি ?

ও ! শেলনা তাওরে, উত্রে— । (নশানা নশাবু তপ্না হাৎচবা)

(২৬)

মতম ওইরকলে ? ?

কেন্দ্রেল, কেরোশিন..., মৈথেৎনা কদাইদা ?

মমনা মঙ্গনে; ইমুংনা থঙদবনে । (থমকম লাকক্কম)

—কত্তেদা, কজবগী লৈবাকমচাশিং

অনীমক শিজিন্নহন্দসিবো !

আই ! রাস্তোন ! রাস্তোন ! (লৈরক্ত য়াচংবদা)

হৈদা ! হেন্দে—মায়দোরে ?

—ত্তস ! পেয়ে, পোকখায়রেৌবা ! (ট্রাঙ্কক্রোমম)

নপুক কংমনদে; হাকমলসি ।

নখোয়না হুরানবনি ?'

—নখোয়না হুবদি...অমনবা নৈরগা ?

মৈ লিকপীয়ু ! মৈ খওবীয়ু ! (মমল ? শিক্তিমবা ?)

—মৈ লৌ, শেল পীয়ু । (তলব কায়দে)

হাই ! বিল লাকলেমেহে ! অসুক য়াম্না !

—টেবলনা শারকপনি; কলমনা ইরকপনি ।

?—মিলখোয়গীদি য়াম্না থিদে, হুমিংচুম্না ওক্লবনি ।

তুমিন্না য়েংউ ! শেল তিংউ ! স্তাব ভারকনি ।

—বিল শাবা উন্নবীয়ু ? (নশা নাম্বোক্লবা)

মৈরি পায়বা, হৈদকো !

সরকারগী মৈ; শেলনা 'কুয়িংখাঙ্গো ।

কা়য়দগী শেল কাগদগে, সরকারদি সিরাইদা শাম্নরে !

( ২৭ )

কপ্রাক ! ক্লং ! ক্লং ! (য়ৌ অহিংবা)

—? ? ? -ননাওসিগীনি ।

ইকাইগনগ্রপোংনি, দিক্তিকনগীনি, অহু অদা নক্তে

চান্নরবনি, নক্সবদি নত্তৌহুদা হক্কোয়রম্বনি ।

## শিথিলবা ফুরুপ

—ঙবাংগী—নখা অঙ্যাং—এস, ও...
ঊত্ত্রনে ফুরা দলান, হুগা দাপা...
পুংচম নঙগী-নোং য়ুবা ঈগী য়ুম...
—লৈকম লৈরোইকো হয়েং...। (ঈমুংগী ?)
ও! ঙুংনা খোমলম্বা; থাঙনা য়াম্বা... !
য়:দবগী, ফাক্রদগী...করি মরালনো ?
- মশক খঙজিল্ল, য়োংনা শাবা নঙ্গেদনা
অশেংবসি মা মঙায়রেনে...।
—চেংখোকপিনবস্থ লৈত্রি; কনবীনবস্থ উদে -ইথত্ত ?
উরু উরু কোকসি—ইমুংদা ইথত্ত তারে
মপান্দস্থ নাইতোম.. ?
—কংখোকপগী পূর্নীনি ওঝাগী
অরানবা তোক্লবদা পুমাঙ মাঙলগদবা !
ওসিনা করি, ইমুংনা করি...?
পুমকায়; কায়রে—পুমতোয় তোয়রে—
পরিক্ষা ! পরিক্ষা !—নোঁটরিক্ষা ?
ঈলতুম ওইনা পাইরকই
পীওন ওইনা চংলকই
মরুপ ওইনা হঙলৈ ।
ওসিদি লোয়নমক হৈনরে ।
অথাবনা লৌথোককম চাদনা য়েপলে
অচেনবনা খৌরিবা, চৈ লাল কায়রে ।

—ও! চৈকপু ওমজে; কাবপু কানিংজে
শঙবা ভারে, লোইহ্রিকাওবা?
কয়াদা, ভেকলিবা ভানোনেসে
ঘজরে, কজরে,—মতমনি, নচানা...? (অহলনা পুশিনখি)
—অহাওবা অভিয়াগী লৈচোল!—

( ২৮ )

উং! উং! ও...ওক!
—নভোন মেল্লু, নমায় লৈথোকউ।
কেরোশিন মনমসিদি......
—মকম লৈতে, উপায় লৈতে।
থুই! থুই। সিবু.? (দশবীন)
—তুম্মিন চৎখো, সিদা লৈবশিং, রা ভাওদে। (নোংমত লাকপ!
মায়দা পাল্লমনি, মুমিং য়েংউ।
—থোঙ, থোঙনাও হুন্দোকক্কমনি, পৌরিবশিং...? (উরেপনা)
হল্লসিরা—কিয়কলে মকমসি।
—পম্মোয়পু য়াজ্রে, থুৎপু মোৎলে।
ওসি কাওবা কা অমত্ত কংবা ওমজি (কনা ভাইজয়বনি)
—কদায়দগী মজপু লৈত, শেলপু য়াওদনা...?
হিদাক-লৈজেলা, ওয়াং লোয়ত্রে!
—উচি ময়ামবু পায়বা ওমবো নত্তে। (মচাপু, অচৌবপু)

অচৌবনা ভৌবদি চেক-মোক লাঙজে; মচাদি হাথোক! মীচৈ!
—মথুংদা লৈবনি, মকু-শী
চাক মনমসিদ্দি? য়েংশাং মহিমক্তা ...।
—ও! অনাবগী অচম্বা চাকনে, ...? (মহাও হাওদবা)
সিবু লৈবাক অমগী, ... (পদ্মিংদে)। (হোলপিটাল)
—লৈবাক চংহনা শেমবনি, মসি খোজবা। (চপ থাবৈ-লোয়না)
শীজিন্নবা হৈত্রি, অলোককম থজত্রি—
অমুক লূবা লাইনা, য়েংবা ওমজিকাওবা—অমেল্বনি।

( ২৯ )

চৌংন্থু মনা চৌংমায়দা,
মনাগী লক্থু থারম্বা. (নহাল নোংমা)
থর্মদগী, ভাঙল-লক্থু পুথরকলম্বা
অঙম্বা করম্না কাউগনি?
অমুক য়েন্দা মাঙদা
চৌংমায় থুংনা শাংথরকনি
মনা-গী থম্বাল অঙৌবা
মপু মনা চরণ কংলগে। (পেম্বানা)
অচম্বা লক্থু নঙে, অচম্বা
থর্গগী হারাওনি (লাইরেম্বাক্তী)
মালেমদা অতাওবা
মনা লক্থু—ঈগী লক্থু। (প্রেজাগী অমল)

মহু হৌবা শয়েল, কায়গা
লাউবা কনবা লাকলগা,
নীকলয়গে লায়র থবায়না
ঙমদে লাক্কে থরগনু ! অকনবা লাম্মৌনি ! (প্রজা)
চৌংমায়দা, অহিং মুংখিল থাগ্রদনা
নোংজু মুংশা, অইং-অশানক্ক
ভেংথারি লাইরেম্বী মহাক্তি—(মহৌশাপী)
মাঙলে, শায়ী ! মাকলে, ইমোম !
—কদায় কদায়, সনা লকোই
কদায়, কদায়, সনা লক্কু
থঙদে লাক্কে চেনকরোই
ঊপী লম্মন ? ঊপী লম্মন ?

( ৩০ )

ভরাদংনে ! ময়ামদি কুন য়োম্রবনে ! [নোককেংনবীনা]
—কদায় ? ভরা মঙাসি ... । [তুংদগী অমনা]
চপ লেপ, ঙক্না ঙক্না কংহৌদে । [থম্বিবৈ]
অপঙবা—অঙাওবা ভাহৌই;
মতম থঙদে; মুপা মাক্নেদা ।
মী ওইরোই; মতম মাঙজবা নত্তনা ! (মুকুম মুকুম]
"কলা বাজার ক্রাইমনি; অয়োনবা অরৈবা অনীমক মরাল দৈ
—কাউন্টারদগী লৌবিয়ু । ! (কটৈ)

বাহৈনি, অরেম্বা যানি — ?
ব্রেক ! ব্রেক ! — কয়ানো ?—লৈরিত্রা ? [তাৱৈ]
—পুলিস ! কম্যান্দো কাওবু ... !
লাকচনবু লাকচনিংবা !—? ? (খোশাদে)
মখোয় অমম্তনিং নথস্তনি তোঙালিবা ।
(ভুংদগী) কুন্দানে, হৌখিগদৌরে । (অমুক লোকশিল্লদি)
প্রেক ! প্রেক লাউবী চাম্মচংগী ! (শংতোকলকই নহা)
ও ! হন্নকম্ন উপায় লৈতৌদে
লম্বু য়েকপী মমাঙদা । (কুন, তারাচংগী) (ইঙ্কং ?)
—অমম্তনা ঙম্বা করবার নত্তে,
মরোল কয়া নাইরিবনিং;
হেক্ক শান্নবা ঙম্বা নত্তে ।
মিহুন লৈতাদে, নে তাদেদা ? (হম্মাং তাবুদি তাদে)
কুপৈ, ফুমিং মখা পোনবা করবারনি ।

( ৩১ )

বোক ! বোক ! (কায়রেদনা)
মমলেঃ মমলেদনা ! (অমম্বনা হৈনৈ ?)
—ইরল নত্তে, শরকারগীনি । (খনবা হৈদা )
নখুং চুমই, লম্বা লৈরকলোই । (তাই )
আই ! — ব্রোং ! ব্রোং !...! (খোঙনাও)!

সাবাস! ক্রসনী মনাও। (কেরেদনা)
—অঙাংনি, খঙজত্রিবনি;
চাউজবঙনি, পঙলিহনি।
কোক পান্নি, শীঙিমত্রি—করি উনি?
— ঙঙীরক্কবনরা? ...?
য়ায়রোই ঙঙীয়বন্তু, ঈরা য়াওরকলবনি। (মপা মপুগী?)
অহুদি—! থুগায়জনসু, থুগায়জনসু।
ভাব ভারক্রি কাওবা...।—? ?
—অমা ভাইবদা, অনী মাঙলবা। (পোং, হুভম)
কেদোংগৈ য়োগনি কাচীন কোয়া?
—হে! মশাগীদি থুগায়ত্রিনে!
য়ানি, শোয়য়কপ্মক্তি নত্তে
হ্কোকসি, থক্তিজং কৈখোকপা ভঙায়কদে!

( ৫২ )

ফকৈদা, লৈকায়সিদ য়াওদে
লৈবাকসিদন্ অহমঙয়মগত্রা? বজাই, বেঙন্/জীপ কায় পয়েং পয়ে
সনানিদনা, সনা! সনা!
লাইবককবী,, নয়াইকক্লিদি! (মচেম পোংকৈ)
লামুদং মঙায়রে। (ভরেং ভরেং খুজিং ওই)
—লম চঙলকপা মাঙবা ভারে অবা
অনী পুনবা ওয়দে। (শেল, হুংশিয়বা)

ও ! চৌংখায়রকলে ইমুং অনী থোক্লা
সনা লোমদা লেপখ্রে। (মনেম)
— লুংলরে মপানগী লাইবক
মমুংগী পুন্সী লোয়শিল্লকলে ?
যোম্বি ! যোম্বি !
কদায় ? খঙ-খোইবৌগী মুংশিবা
কল্লকই, কল্লকইদা মতমদো ! (মুংশি মমল নাইরম্বা)
— মুংশিবসু লখোনলে ঙসিদি
অপাম্বসু করবার ভোল্লরকলে। (শেলমুংশি ?)
হো ! লায়রবা থম্মোয়দা নোংলৈ-মুংশিং;
ঙক্ক ভারে, কোকথক্ক
— পুম্নমক মনা নঙ্ঙে, মনা নঙ্ঙে
মনাঙনা মুংঙাইবা কংদে, কংদে ?
য়েংউ ! পেম্না পেম্না নোকলিসে
লায়রবা খাঙপোকমুংদসু মুংশি থম্মোকশিংনা [পদাঙ্কদি নোকন্দে]

( ৩৩ )

লোয়না থৌহৌরগে খঙ্গেদনা
ঙথোক্লা য়ামখ্রে। (মঙ্গী পাঙ্গী ?)
— মুংঙাইজনমু ঊরলনি
ধংরলদি নঙনা, অস্তুক থৌনিংলবদোবো।

কৈথেল কাই
লুল চৎলি; পিক্লিক চৎলি—রা,রা !
—লুহোংবা য়াওই;
মঙানি চাকচাই, লেপত্তে।
সোরাং চৎলি—যক্ত য়াওই। (ওমত্রা ?)
—রাকৎকমগ্ন মখোয়নি (করি ভৌরনি ?)
রায়েনবগ্ন মখোয়নি
অশীনবগ্ন অমস্তনি—করি উপায় ?
থৌদাগনবী কেথবীগী থুদোনবীদা
পাল্লনবা ওমথং থনবাগী থৌশিন্দা
করম্না পোথাগদগে অথৌবা ? করনি ?
—থাও য়াওত্রে, সনা ইবেম্মা !
পোকথায়রে, পাবুং। (নীঙাই নি)
? ওম্মা ওম্মা নত্তে, থপহৌত্রবদি। (হৌ-হো !)
ও ! ওংলনি লৈবাক, ওংলনি
থোঙ লৈবাক ভানিংত্রে, থাংহননিংলে। (লুপী অঙাং !)
—(শাওনিংই) ওম্মা, চৎখিনিকো ! লোয়দনা ?

( ৩৪ )

হৈমা ! মিঠাই, অচোয়বা ? (লুপী অঙাংলা)
চুরুপ লৈবদ, মৈখেৎ নত্রগা মচৈ...। (বাবুদা)

—চৈরেদা ! পান হুকান !
করবারনিনা, ভাং মচানি নত্রগদি…।
—অমা য়োনবদা অনী শিংলবা;;
অহুনী কাজিলহৌবহু অমুক কারবার (অচোয়বা য়োনবা)
অঙকপা থীওয়ি—ফজনা পুথোকইদা ! ফজে !
হোল য়োরেনে ! …(কাউন্টরদা)
—মিঠাই হল্লকইনে ! নঙগীদি !
নরাইবক কৈ, করিস্থ হল্লক্তবনা য়ামই।
ও ! ঈশিং মরীক মরীক্লা, মহাসাগর ওই। (থঙইদনা)
—অরেবা ধর্ম—লৈ; পুকচেল চাউই
অয়েংবা কায়দে; য়াম্না তপই।
কুইনা অহুম ফবীয়ু, মঙ্গল ওইবীয়ু ! (নীজনিংই;
ইমাই ! পোৎলক য়োরেদনা !
মরোই—মোয়োক হাপ্লা…? (ফজনা হৈ)
—মথাসি—অনীগী—মঙাগী—তারাগী কুনগী ?
চপ মান্নয়ে হম্ম-হনা লৈবাকসিগী
শান্নয়ে অচোয়বা, অনী তোংনবা।

( ৩৫ )

থকলি থঙনা থঙনা ?
—শান্তি থিরিবনি, ভাইহাক পুন্সী চেকথংহনলিবনি।
মৈশা কয়া থাঙলিবনি ? (চুপী, অডাং, ইমুংগী)

পূন্সী মমল :— পোকওমত্রবা মপোক, ত্রম্মামক ?

—পামত্রে হিংবা, শিবা পামলে।

ওয়া শিবা, থেওনা শিবা -থেয়ত্রা ? (কায়দে)

—কদায়, ঐগী—ইফম; কিদা ? (সজাজদা ?)

তানিংদে, য়েংনিংদে, তুকচৈ।

নোংমগী চায়াদংগী, অহেনবগী নত্তে,

মেচিন শাক্সরবনি—মমলিতৈদগী—কদায়, হৈরকউ।

তু ! হাওর-হাওরবা, ফজ-ফজরব ;

মখল মচু, মওং কয়াগী—... ! (বাজারশিংদা)

বাবু ভাম্নাশিংগীনি, সাহেবশিংগী।

লায়রবা ঐগীদি অমত্বসিদ ! কাচিনসিদা !

—থকলগন্থু কারি ! চৈরি !

ফুস্থ কুরি ? —কাউলস্থ !

—ননিং তোঙ্গো—তোঙ্গরো !

লৈবাক চংনা নৈররো ? ?

শেগায়ম্নু মচেং মচেং; নেংথায়ম্নু চবেং-চবেং ! (সরকার থানা)

—নত্তত্বসিদি য়েন অম হাংদগুম ...।

হাংলু, মেংথংলু—ঐথোয়বু করি কায়রবা ? (শাংখ্বনি/

অহুবু লাউগনি—যু নত্তে ! যু নত্তে, লানলিবা !

—ওইজবা থিরিবা, নহাকনি।

শৌজিন্নরিবা নত্তে, অতোংবা থিরিবা নত্তনি ! (ঐগী পূন্সিনু নৈহুনা)

—:—

( ৩৬ )

বাঁশীগী খোজেল, সুর
তারকসু, তারকদগা পাপ-চৈথেং! [ কংজনি ]
চৈরুবা মকম, অহাংবা মতমদা
ওপ্পা-ওয়া নৈরকনি, খাওবা য়াগনি।
তারকসু বাঁশীগী-সুর, য়াজনীংদবা!
কৌরিবনি, মনাক
ওমজবা সুরদা খোংলকলিবনি
অচৌকপা ওমহৎ থাবল-তোকর্ঁজ
হয়-হয়া, কায়বনি, পুয়বনি।
অচম্বা বাঁশী-খোংবা ওইরমলোঈ?
খোহাংলু কৈরকলি নাপোমদ;
মহৌশানসু তেংবাংলকলি।
তুখা য়াজে; নৈকম থওজে—
খঙোয়া য়াহং-মত্তা লাইরে।
মকমদুবা থিকবা তারবরা?
কবিগী লেপলি তুশিন?
লাইনিংলিবসু—লাউররো ( তোয়না —)
হুংশিবা খোজেলদা—ওঞা, কেবা—
তাজনি সুর অমহৎ ওইরবসু।
মহুপা ওংচনি হয় হয়া।

হো, মুংশিবা ! মুংশিবী !
খোয়কলো, শেম-শারো !
হৌরসি ?—শক্তি – প্রজা শক্তি !
শাগসি মুংশি লমজমশিদা ।
থৌরী-তংলকনি ! য়াথোক ঔইরনি !

(৩৭)

লেপ্তুনা করি, থল্লি ? ( অপাম্বা থিরকপা !-)
চঙলকই ইনাক্তা, শেম শাগে ।
মুংশিবা—থিবা কংলোই শিদনি
মরকী; যৈশা-জাইতাক' কোকবনি;
কয়ানা তিনশিংনরবা পূন্সিনি ।
কনাগ্নু ?
—কনা চোংথোকপিরকনি ঐখোঁদমক
ওনশিন ওনশিন চাবা, মাঙহনবা ;
হম হম্না খোংনেংনবা নত্তনা ।
কপচ-লাউজবা নত্তনা করি উপাই ?
পূন্নমক শদোং পায়বা হিংচাবমক্তনি ।
ও ! সমাজ নত্ত লৈরি—
অশোনবদ থিবা ; অতোনবদ নৈহংপা ।
মাঙজ্রি, হোংজ্রি করিনু ? ( মঙোঁদনি )
কদাই; মুংশি—অপাম মুংশি ?

চীংলোক্লনিংদবা কমাঙো
কীব ওইনা পোকলগা
অহুবু অপাম্বা কনাগুম য়েংদে, । ( তঙ্খোয়নবা )
কৱকট—ইচা ইতগা শান্নমিন্নবা
ইশাবী কনাগা কেন্নজবা !
অহুবু আশাগী ময়োল চোংথংলকপদা
হুংশি থজ্ঞদবা অমনা হেক্তা থদংবৈদে ।
—নত্তে, হিংগদবা লমদম অহু
অৱানবনু চুমথোকপিনবা ইন্দ্রবা সম্বাঙ্গশিদা !
লাও, চক্রকউ, অপাম্বা পীগে
পৃথিশিদং থাজনা লোন্নগে—লে !

(৩৮)

ৱাং চাউরবী-হৱাইত রিন্ডোলূসনবী
পাজাব ঘোৱা, শেন্নোইবী—কনা কনিদা ?
অহল ওইরপ... .....( আপা শামইদা )
লমশাং লাকপননি—ননলৈমা চংলকখনি ।
—থোকলন্না, শিনং কাওথিং—শজোমবী ?
লম্বী-লমথাংনা শাংবনে
লাইওংনা থজবনে ; পাম্বা কৈনা কনথনে ;
জকলনা শোংবনে......... ।
—থম তোৱখইরলি লাইবক করবনি ? ( থবদং )

মীয়াঙদা-তুমিন লৈবু—শরুক থুংলকপা তাই ?
—অস ! চৌংদা মান্দা-লোয়রেদনা'
অরোইবনা য়াম্লিবা ; পোংনা লৈজিবা——
কয়ন অমা... ! (থমলেদনা)
লংচুম চাবী লৈরেদনা——?
চুপী চাওরা ? লংচুম চাওরা !
—ও ! লংচুম চাও ! (তম !)
শজোন থজে, অফিসার-থণমাবা !
—থঙদবা মজোন্দা হায়া পীহৈদে
...চাংয়েং তোঙ্গিবনি মাঙদনবা ? (অথঙবনা, অহৈবনা)
হৈদা : হিংগনি যুগসিদা ; লেম্না মাঙলোই । (লৌমবঙনি)
—অচৌবা লানথো থুংহৌ, অমুবলোমদা হাইরেদনা ?

(৩৯)

কিঙৌ কৌরে
তাওরে মচা মথে-তাওরে মপীশিং ?
—হাওবনি !—কংলনি ?
কয়া লায়না—কৌতা মচা অমনা..... | (যুগসিদি হাজে)
থুনিং কয়ানিমু কজে.
মী কয়াম্ ওজে ইথত্তা (মতম, মী চংজে)
—হাংলে ! হাংলে !
হিংচাবশিংগী মায়া লাফা লাংহোক্লগ লৈজে ?

কনানবু তাবিগদগে অচাপোংকী য়াবং ?
করিনো নথাগী খুংলায় ?
—খুদক্তা পাল্লমলবদি—জ্ঞান তারমগনি ?
ঈশান্ন উরমগনি
খুংলায়দ্র খঙলমগনি।
ঙাগা কৌতাগা শিল্লবত নত্তে—থরাকঙ্গ য়াওরে।
লোক, তুরেল, পাং, পুখ্রী
ওপ্না তপ্না পায়থংলকলি-চু পীথকনি।
তোংজন্নবগী—পুক্লিদা
মথক্তবু—উজরবা
তোংনিংবগী নিশাদা ; চানিংবগী মিতৌবদা। ( হাংদিবা )
ঙা শিবা অর্থ লৈতে
মী শিবা,--হুংঙাইতে ? ( লৈহননিংই ) ?

(৪১)

সরকারগী বোয়াসি...... ? (মরাং কংইদা ? )
ওনবা হৌনদে, সরকার থাজদবা মান্নি।
—মমলঙ্গ হোংবা—অরুমন্নু হাটিললবা
করম্বা হিংগনি ঙন্নায় ?
চেং, চীনি, লোহোগেরা ? মথল তাজনি।
দুকান চথলে ; সম্লাই হাবে।
কদোমগী...... ? কম্নাম...... ?

উত্তুল !—ভদেংলোং !—থাম্বজেনব !

চৌংখুংদি শেল ওইনা চারে ? (প্রোজা) খরজি ?
—অওম্বা—অনীবা শিংবনি। (এম, এল, এ/এজেন্ট)
শরুক্তি কনা য়াম্ভ—খুন্দু মী য়ামত্রুপোংন্নিনা ?
—ক্লেকিয়ারনি চৌংগী ; ঈ পাও-সব ঐখোয়না......!
চৌং শায়রিবনি, ককনা।
আই ! চৌং লোয়না থোক্কলত্রা ? (খঙহনা)
—অকাস বীল ? —অকাস লোন ?.. অকাস গ্রান্ট ?
মীদি হজিন হজিন..... !
—চৌং—অরাংপা নৈতে !
[illegible] মহক্তা প্যান, মাইরেন,-ঈশোয়
চৌনি-থক্তে—চা থকপো নত্তে—
ঈশিং-লোক্তা ; বৈ,—শীংলো ?
—ও : চৌং শায়রিদ্রিবা ওইরেকো !

(৪১)

কৌরেল মচং চাকনা [লেঙ লেঙ চংলবা]
ভাত্তোন অত্তেকপা মখেলরা (খুৎচুরবা)
নিংথম হুংশা ভয়াঙলরা ?
অত্তো, খুবী-চৌকথায়রে
ভিন্নুম য়োংলি ! অহুব ! (মহমশিং)
মাইথোদা কাবা ভাত্তোকপা

থরুংদা চঙবা থাবকদা
( লম্যাংলোং ) চরোইথুনী য়োংচাকুদা ? ( শিংজু মহাও )
ঊশিং মুংশিংনা হেনবরা ?
অহুবু ওসিদি পুংজাগী লেপ্পুনা
খোমজিল্লকলে লাপ্পীশিং ;
পৈশিনখ্রবি মাজে লাকখনবা
কুমজা-কুমওন, থুংলবা। ( হাওজাবনু )
ঊপাম ( ঊপামদমক্নু ) শকথঙজিবৈ
অশংবা লানথৌ থুংলরে
মুকসননা চুমলকলে ফিরাল মমায়
অয়াম্বদা, অচৌবদা পায়রকলে।
—চেনখ্রে ককচেং কৌ, মোইরাং কৌ তমথাদা ;
লোংখ্রে থাবক চাতোন।
'মহাওসু লোংখ্রে, মচিমক্লথদা ;
মগুণনু মাঙশিল্লকলে নোংম নোং।
অহুবু নিংবা কায়রনি লানদে ?
ওহোংকপনি, টেবলদা লৌউরে ( কুমনিংদবশিং )
লৌউদবনা লৌ-উবা তম্বীরে
ইংখোল কোইদবনা য়েম্ফাং থারে
অউবনা কংদরে
অথাবনা নৈদরে
অয়েনবনা লেপ্পশিনখ্রে। [ অয়েনবশিং ]

হো ! হোসপিটাল য়ৌরয়ে, থীবোংজাউ
থাবরবু চাবরা ? ( থঙবনয়ে, পাজপজি )
পামগল্লি অহোংবা ।
'কোং, কোং, টকোং কোং
লৈবাক মাঙলা ইথোক থোক
মল্ল—য়েনবা পুংয়ৈ, অচাবনা চোলোন তৌ—কজরে !
হাই ! হাই ! ঔশিং পম্পাদি
পাংদা ভারে, ভাকাবা ;
খুল্লকা ভারে, চেংভকপা ।
ভাওরে রিভোলুসন,
লৈবাকসু ভাওরে ।

( ৪২ )

হু !, আ, মাঙদা উরিবা খুনসিনি । ? ?
নখোয় কাঙবুনি; কনা য়াল্লকলে ... ... ।
– করবারসিসু কজনা ওইজে
থরদংনি চেকদা থাইরম্ব ।
মালপী ভারা মথক্ত — —
মতা তরুক হাপলকপী শেল ( পুশিল্লকপী )
—ভোংলে ! দবল্লা ? খিপদ ?
উম ! অবৌবা পেজে, হুংভাইরয়ে । ( কংলে )
– ভোংবা হায়বসি—ইশানা হানিংনা কারবহুনি ?

-উপকারনি।

থবক কতদবা মরূপ মপাং চাক্সিবা

মী শেম্বা থবকনি ঐথোয়গীসি—

সোসিয়েলইজমদনি তৌরিবসি ?।

থঙই ! থঙই ! —অর্দা চাবা ফত্তে ; কেলর পকই।

—অহুবু ঐথোয়দি শীজনিংই—য়োননিংই,

হিংদবা য়াদে। ( মী থঙদে )

পামজবা থোরকও

চাউথংপা মুংঙাহৈবা হেন্ননি। ( কংমিংই )

—চাদবম্ব মশি ; অচাবম্ব মশি

ময়াইবকৌনি :—চাবা তাক্তনা......। ( খোমই )

লেংশিনবীরকউ, অপাম্বা-পাউ ?

অয়োন-অখুপকী, অমম্বী...কম্বা......

থঙবিবা য়ানি। ( অমই ! )

ও ! সেক্টর ?—অচৌবা সেক্টর ( পালো )

শীকচবদনি, লোয়না মরি শমলিবনি।

—কম্বা হৈস্নবনি, ভুরিপোংনি

কম্নকমীহৌদনগা তৌক য়াবা নত্তে !—

(৪৬)

তংলি মতং, মতং

কায় মচেং, মচেং

অমত্ত ঢুইদে। ( কংগ্রেস/এম,পি,পি/জনতা- )

